# শমসোক ঙম্বা

## (নৈনরবা)

সম্পাদক :— ও, ভোগেশ্বর

কুমারী এন. [illegible]

ময়াই লবী [illegible]

# শমসোক উম্বা

( নৈনরবা )

সম্পাদক :— ও, ভোগেশ্বর

কুমারী এন, ইবেয়াইমা
ময়াই লম্বী কলেজ।

Publisher : KUMARI N. IBEYAIMA
Mayai Lambi College

A critical review on Samsok Ngamba's literary beauty.

১বা ফোঙবা ১৯৮৭ সেপটেম্বর

কোপি—১,০০০






মমল লুপা ৪'০০ ( মরি )

নম্ফম :— বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি রার্কস,
লিরা ওইনাম লৈকাই, ইম্ফাল (এম, ইউ, রোড)।

# "খারোল খরদং"

"শমসোক ঙম্বা" পিক্তকপা অরিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাইরিক অমনি খনবিরুনা মনিপুর ইউনিভর্সিটিগী অথোরিটিনা খনগৎলবা এম এ, গী লাইরিক মচা অমনি। অসিগুম্বা থায়নগী ইপা ইপুশিংনা ইতুনা থম্লিরম্বা ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাইরিক অসি মৈদিংঙু পামহৈবগী সনা হাক্তক্তা থোকখিবা খারী পরিংশিংগী মনুংদা তখেল ঙম্বা, শমসোকঙম্বা অনী অসিমক ইতিহাসকী পংখদদি য়াম্না মরু ওই। মতো অমুম্না ইনিংথৌ গম্ভীরসিংহগী সনা হাক্তক্তা থোকখিবা ইতিহাসকা মরী লৈনবা ঔরা ঙম্বা অমসুং থাহী ঙম্মু থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথানরিবা লাইরিকশিংনি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি চুম্নতগী ইতিহাসকী পরিংদা ইচম চম্বা লোন্দাদা হেক্তা ইবিরম্বা নত্তে সাহিত গী নিংথিরবা খুথাগী অলঙ্কার উপমা হাপ্তুনা মীওইবগী পুনসিদা যেংনরিবা অরা অনা, নুংশি-নুংঙস অমসুং অকল-অথোগী ওইবা রাকম থুদিংদা মতীকচাবা সাহিত্যগী রাহৈশিংনা কুয়োম ওইদুনা ইবিবম্বা ঙাক্তনি হায়বা য়াই।

লাইরিক অসি শতাব্দী ১৮ চঙলপদা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবিরম্বা মৈদিংঙু পামহৈবগী সনা হাক্তক্তা লৈরম্বা যুম্নাবা অতিবার অমসুং লাইশ্রবা অরোইগা অনীমা শমসোক্কী লাল ঙমদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লকখিবা মতমদা ইরম্বা লাইরিক্নি। হায়রিবা শমসোক হায়বা লম অসি বর্মাদেশকী অমাংখংবা শক্তম্লা লৈবা মনিপুরগা নকুবা লমনি। লান অসিগী রাইহদি মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মচল ইবেম্মা চকপা মখাউ ঙম্বীবু রৈরাগী তোংদোই নিংথৌদা থাজদুনা

মহারাণী ওইহল্লববু মচানিপা মংত্র কেংতু ঙম্বা পোক্লবা ভুংদা মহারাণীগী কম লৌথোকখি। রাতু তাবনা চরাইরোংবনা মশা মাক্লকপদগী ঔরাদা লান তাত্নুনা মচলগী লম্মন শিংবা ঙমখিদে। মতু মচা ইবুংঙো পামহৈবনা মনেমগী লম্মন থুমকউ হায়না নিংথৌন্না শিরমদাইদা শিন্নরম্মী। মরম অতুনা মৈদিংঙ পামহৈবনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইরবা মতমদা মনেমগীদমক ঔরাদা লান তাহনা লম্মন থুমগে খল্লিহৈদা ঔরা নিংথৌনা মজা ইবেম্মা তম্ফা সনাবু ঔরা মখোয়দা থাজবিরকউ হায়না লাইবারশিং থারকখি। মতাং চারে খল্লতুনা ফরে ঔরা নখোয়দা ইচা থাজরগে, নিংথি তুরেলদা লৈমা ওক্লম্মু হায়না লাইবারশিংদা শিন্নতুনা চৎহলখি। ঔরাসু হায়নবা মতম নংনবা লৈমা ওক্লবা থৌরাং তৌরে, মতম অতু শোয়দনবা হায়তুনা মৈদিংঙনা অকল-অথৌ, খোঙমী লাম্মী মতীক চাবা কয়ামা হিনুংদা অউনপোৎকী চাউপোৎ অমসুং উপু মনুংদা লোন্না থুপ্পা খঙহন্দনা পুরগা লৈমা ঘিনবা শাত্নুনা চৎখরে। নিংথি তুরেন্দা লৈমা ওকদোবগী লৈরম্বা ঔরাশিংগা থুদক্লা লাম্থেংনতুনা চাইথাইরগা শমসোক তানা চত্তুনা লান অসি তৌখিবনি।

মরম অতুনা পীকচরবসু শমসোক ঙম্বা কৌবা লাইরিক মচা অসিদা মথল কয়াগী মীংথয়েং থম্নগা নৈনবা য়াবা রাফম খরদং অসি ফোঙদনিংবগী আশাদা কম্না হায়জবদগী পণ্ডিত শ্রীযুক্ত ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ সাহিত্য ভূষনগী মতেংদগী লাইরিক অসি ফোঙননবা খুদোংচাবসু ফংলখি। মসিগীদমক্তা সাহিত্য সেবী ওইবা পামজবী ঔহাক্লা পুনসি অসিগী শীংঙমদ্রবা লম্মন তোনশিঞ্জখি।

অৱোইবদা লাইরিক অসি ছাপা তৌহনা পুথোরবা হোৎনবদা বিদ্যাপতি প্রিন্টিং বার্কসকী মনেজরনা মাগী অচিনবা কয়া থাদোক্লগা অথুবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনবিখিবা পুম্না কাউংমক্লবা লম্মন তোনশিনখি। লাইরিক নম্বগী থবক অসি ঐগী পুনসিদদি অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ওইবনা অরান-অহুই কয়াসু য়াওরমগনি খল্লে। পুম্নমক অসি পাবিরিবা পুম্বনা তাকপিররবদি তুংগী থুৎনমদা শেংদোক্লবা তাঞ্জা ভাইজরি। ময়াসু থুক্লমজরি।

ময়ামগী সেবাদা—
**কুমারী এন, ইবেয়াইমা**
লিঘা নাওরেম লৈকাই।
( এম, ইউ, রোড )

# শমসোক ঙম্বা

## ( নৈনরবা )

**শমসোক ঙম্বা ঃ** মৈতৈ লৈবাক্কী ইতিহাসকী তাঙ্কক ওইবা অরিবা মৈতৈলোনগী রাহয়গী লোন্দা-পুদাদা ইবা ঐতিহাসিক ওইরবস্ত্র সাহিত্যগী রাহয় রাতানা লৈতেং ওইবা লাইরিক্নি। ইতিহাসকী মায়কৈরোমদা য়েংবদা মৈদিংঙু গরিবনিরাজ ( পামহৈবা ) নিংথৌগী মতমদা হায়বদি ইং ১৭১৭-শকাব্দ ১৬৩৯ গী হাইস্না লাইবগী কুম পোইন্নু থাগী ৭ নি পানবা য়ুমশকৈশ লুমিত্রা নোংপোক মায়কৈরোমদা লৈবা ঔরাগী মনুংচনবা শমসোক খুঙ্গংদা পানবা মাওইশিং অমদি মহুদা লৈঙাক্লিবা ঔরা নিংথৌগী মফমদা লাল তৌদুনা মায়থিবা পীখিবা অতুগী মরমদা **লাইশ্রম অরোই** অমসুং **মুম্নাবা অতিবার** অনীনা নিংথৌনা লাল ঙম্লকহনা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লকগা ইবা লাইরিক্নি।

লাল অসি তৌখিবগী মরমদি মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মচা ইবেম্মা পামহৈবগীদি মচে, চকপা মথাউ ওঙ্খীবু ঔরাগী রাণী ওইহল্লসদগী মচা ইবুংঙো কেংতুঙম্বা পোক্লবা তুংদা রাণী মফম লোথোকখি অতবু মচে ইবেম্মা অসিবু ঔরাদা থাজ য়োঙবগী য়ান-রারোল অদু তুংদদি ঔরানা ঙাক্লকখিদবদগী মৈদিংঙু চরাইরোংবনা ঔরাগী মফমদা লম্মন শিংবা ঙম্মদবহু শিরমদাইদা মচা ইবুংঙো পামহৈবনা লম্মন অদু শিংলক্লনবা হায়রম্বা রাফম্ব ঙাকখিবনা মরম ওইদুনা লাল অসি শোক্লখিবনি।

লাইরিক অসিদা মতমগী মতুং ইন্না বেঙ্গলী সংস্কৃতকী ঈথিল চঙলক্লবা মতম ওইবনা বেঙ্গলী সংস্কৃতকী ৱাহয়, ৱাত্তা থেংনা ঙাঙন-শক্লম্বগী মমি তাই। য়াবমথৈ অশৈবনা মীতোপকী লোল য়াওদনবা হোৎনবদা থম্লদং কাউথোক্লবদগী য়াওখিবা ৱাহয় ৩ দংদি নাচোমদা লৈরাং মচু তোঙান-তোঙানবা থেংলগা ফজবগী মতীক হেনগৎখিব-গুমথুম থোকখি। অইবগী শৈহেক্লা অরোইবা তাঙ্কক য়ৌরগা ইথিবা পুন্নমক অসিগী অচুম-অরান, অফ-ফত্ত, ফজবা-ফজদবা মরোল পুন্নমক অথু ক-কা, ময়েক চিথ-নাম্বা অমদি ইজরিবা ঐহাক অসিমু লাই ওইরবা লাইনিঙ পরয় চেংলবা গুরুশিংগী খুয়া উফ্লল লৈরীক অম-ফাওবা ফংজখিবা ঐহাক্তি। মন্নম অথুনা "ক্ষমা কোরো ভৌনা ঙাকপিয়ু" হায়না ৱারোইশন্দা খুরুম্বগী ৱারোন্তদা থেংলম্মী। অথুগা মথক্কী লামায় থরদা "ডিঙ্গা" হায়বা ৱাহয় থরসিগা শীজিন্নথুনা মীরোলগী ৱাহয় অনী অহুমদং শীজিন্নথুনা হাপ্লম্বা থেংনৈ।

লাইরিক অসিগী মশাদা ইরিবা লোন্দা পুদা অসিগী ৱাহৈ খন্দোকপা অমসুং ফজবা লৈতেংগী ৱারোলশিং অদু য়েংবা তারবদি সাহিত্যগী হৌনবা অলঙ্কার, উপমা অমসুং অশেংবা ৱাফম (যথার্থবাদ) কী য়ুম্ফমদা অঙকপা লৈতেংগী শক্লকা লোয়ননা অকল-অথৌ (বীর-রস)গী থৌদাংদা সাহিত্যগী ৱাহয়শিংনা মমায় চোল্লবা তুরেলগী মওংগুম ইরম্মী। ৱাহয় অনীতনা মনুংগী ৱারোল কয়াবু থঙহনবা অমদি পোৎশক অমবু শৈথ্রবদা ফজরবা ৱাহয় কয়ানা লৈতেং ওইরবা (ডিক্সন) ৱাহয় খন্দোকপগী ৱাফম তোঙান্না খন্দোক্লিংঙাই লৈতনা ফজবা ৱাহয় ৱাত্তা (লিটরেরি ব্যুটি) গা শাগোন্নবা চথবা

ঐতিহাসিক লাইরিক্নি। লাইরিক অসিগী মশাদা লৈরিবা সাহিত্যগী মগুণশিং অত্থু মথং মথং লৌখৎপা তারবদা মথল ১৪ গী মীৎয়েংদা খল্লোক্পা য়াই মত্থুদি :—

(i) মফম অমবু শৈথাবা (ii) পোৎ অমগী মগুণবু শৈথাবা

(iii) অরা-তেংথা শৈরোল (iv) তৌবা ভঙ্গা মতিক মথৌ-নাদা শৈথাবা

(v) শিখি-নাখিবগী মরমদা শৈথাবা (vi) শোষ্নবা লাম্মী-শিংদা থৌগৎপা

(vii) লান্থোং শিনবগী শৈথা (viii) শা-লান চৎপদা মুমিৎ থা পুংফম-খেনফম য়েংবগী চৎনবী অমদি লাইগী খুৎতম-চাংদম য়েংবগী শৈথা

(ix) লান চৎপদা ইমুংগী মরেম্বা ওইবীশিংনা মবুং মৌপা অমদি মপুরোইবশিংগীদমক চয়োম-চেংজেল শেমহুনা থৌরাংজবগী শৈথা

(x) মী অমগী মতীক মথৌনাবু পান্থে (উপমা) তৌবগী শৈথা

(xi) লাল্লে হায়না হায়জবদা শীজিন্নবা রারোলশিং

(xii) লৈরাং অমগী মমিং থোনবগী শৈথারোল

(xiii) লানগী লাঙ্গং করম তৌবগে হায়গী শৈথারোল

(xiv) লান্দা মায় পাকপা ফংলগা নিংথৌনা লাল্লোই অঙম্ব-শিংদা মিংথোল পীবা···।

অশিনচিংবশিং অসিগী রারোলশিংদা য়েংশিন্দুনা নৈনবা য়াই। অসিগুম্বা মথল কয়া অসি য়াওবা মরম্মা লাইরিক অসি সাহিত্যগী

লোন্দানা কুয়োম ওইরবা মৈতৈগী সাহিত্যিক ইতিহাস ওইবা পুয়া কয়ামকুমগী মনুংদা মমিং পন্নরবা তখেলঙম্বা, ঔরা ঙম্বা, চিংথং- খোম্বা গঙ্গা চঙবা, চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চংবা, পান্থোইবী খোঙ্গ্‌ল, খাহী ঙম্বা, গম্ভির সিংহ নোঙ্গাবা, টিলাইন শোক্লবা, শামু ফাবা অমসুং শিঙ্গ-শমর্জমনিনচিংবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পীক্তুরবসু শমসোক ঙম্বা মমিং পমবা য়াবা লাইরিক্তি।

লাইরিক অসিগী মনুংগা যাওরিবা মথক্তা পনগ্রবা মীৎযেং মখল ১৪ গী রাফম চথরক্তি ঙৈগী মমাঙদা সাহিত্যগী হৌনর্ব। খোঙথাংগা চামনা ইবা ভিক্ষনগী রাহয় অমা-অনীনা পুনবা রারোল কয়া থঙনবা রাফম খরদং য়েংসি :—

(ক) "ঔরা সেন্‌চংনা পোইরই পাইচঙ্‌ননা"

রাফম অসিদা থঙহল্লিবদি ঔরা লৈবাক্কী মীগা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী মীগা চারো-মৌরৌনতুনা ঙাই-শেন মরী মতা ওইবগী রারোলনি।

(খ) "ফায়েঙ্‌ নোংফাইসঙ্‌দা"

চৎকদবা থুংলুগদবা মফম য়ৌদ্রিঙৈদা মরক্তা অহিং য়াইরেক্তুনা পোখাবদা লৈননবা শঙ হায়বনি। মসি ঠৌজিক্কী লোন্দাদা হায়বা তারবদি ইন্সপেক্সন বাঙ্গলো হায়নগুম্বনি। মসি ইম্ফালদগী মাইল ১০ নত্রগা ১২ গী মফম য়েংতুনা শঙ অমমম্‌ হেক হেক শাতুনা থম্মরম্মী মসিবু অরিবা লোন্দা 'ফায়েঙ্‌ নোংফাইসঙ্‌ হায়না খঙনৈ।

(গ) "চোয়নৌ সনা কোনগারম্‌"

সনা খোকপা (ফংবা) মৈতৈ লৈবাক্কী মোংপোক থংখদা লৈবা চীংদগী ঔরারোমদা চেনখিবা তুরেন্দা সনা যংবা মরম্মা ঔরাগী লম্বু চোয়নৌ সনা কোনগারম হায়না খঙনৈ।

(ঘ) "থয়াঙ মথৌমনু"

থাঙদা, টাদা তেন্দা মমান্নবগা লাম্বা পাতুনা মায়োক্নবা খুদিংদা মমান্নববু মায়থিবা পিবা ঙমথিবগী তৌজমনবু শৈথাবদা শীজিন্নবা ষাহয়নি।

(ঙ) "নোংপোক সেললু ফম্‌ব"

মৈতৈ লৈবাক্কী, ভারতকী নোংপোক মাইকৈরামদা পানবা নিংথৌশিংগী মরক্তা খাইদগী হেন্না অকল-অথৌ ওইতুনা নিংথৌ ওইবশিংগী মথক থোংবা নিংথৌবু শৈথাবদা শীজিন্নবা ষাহয়নি।

(চ) "খ্বা য়াচু সায়"

খ্বা চাবদা অঙাংবা মচু থোক্তুনা চিনবান্দা মচু ফজহনবগা লৌ ননা অঙৌবা য়াদা মচু ঙাংনা চুবা খ্বা অতু শায়রতুনা হায়বা ষাহয়গী শৈথানি।

(ছ) "চিনবাল কাঙ্‌মই থু"

কাঙ পাইথোকখিনবা অশংবা নাপী শীংবী ইকুম্নচিংবা পৈশিল্লগা মৈ থাবদা মৈরী থোকপা ঙমদবদগী মৈগু ঙাক্না কারকই। অতুগুম হিদাকফু মতোন্দা হিদাক মনা অশুবগী হিদাক হাপ্লবা ঙাংক্তা তিকি মৈ থারগা থক্লবা হিদাক অতু থকপদা চিনবান্দা মৈখু কাম-থোকনৈ। অতুগুম্বা মৈখু অতুগী মওংবু চিনবাল কাঙমই থুবা হায়না শৈথাবদা শীজিন্নবা ষাহয়নি।

(জ) "মনয়া ঙমলোইএ"

মৌ ওইনবা, ফংনবা কনাগুম্বী চন্থু নিংঙোল অমবু মমা মপাগী মফমদা হায়জ-চঙ্কবদা পুবা হৌনবা হৈ রা অথুম-অহাউ পুতুনা মৌ হায়বা লাকপদা অহল-লম্মন ওইবা মমা মপাদা কংননবা অথনপোৎ

পুরকপা অতুগা ময়ী লৈনবা মৌ হায়বগী রাকম অতু য়াবা উমলোই হায়বগী রাকমদা শীজিন্নবা রাহয়গী শৈথানি।

(ঝ) ' পোইরই মীরু ভোং"

পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী মরু-মরু ওইবা ফম্নাই-ফানাইবা, পুখ্রন-নোংথোন শঙলাক-কয়রুংবা অসিনচিংবা মতীক মথৌনা লৈবা শাদা-লান্দা কন-থৌরবা ময়াম অতুগী মথক থোংনা নিংথৌ ওইহনা লৈববু শৈথাবদা শীজিন্নবা রাহয়নি।

(ঞ) * "থমং লোকয়ায় থায়না পানক্‌বা নোংথৌরেননে"

অরাংবা মফমদগী অনেম্বা মায়কৈরোমদা ঈশিংনা চেন্থবদা ঈরম মওং চানা শেমতুনা চেন্থবগুম নিংথৌ ওইবগী হৌনবা লৈভাক-লোন মরম শুনা রায়েন্দুনা অঙম্বশিংদা চৎকদবা, লৈবাক প্রজাদা নিঙ্গদবা চৎকদবা রায়োল শুনা য়েংশিন্দুনা পান্নিবা নিংথৌরেম্নি অতুগা অমরোমদা অমুক মৈতৈ নিংথৌদি থমং নিংথৌ মথল কয়াগী মথক্তা পানবা নিংথৌ ওইবা মরম্না থমং নিংথৌ ময়ামগী মথক্তা রায়েনবা নিংথৌনি হায়বনি।

(ট) "চোয়নৌ সনা চংলৈরেম ॥ লুপা থেনমায় লাংনা ॥ রাংগোল পুকয় লেমএ"

মমল য়াম্নবা সনা লুপা শেল থুম অমদি চান-থরুবা চেঙগৈ-ফৌগৈনা থম্না অরাংপা লৈতনা লৈ থঙহনবদা শীজিন্নবা রাহয়নি।

* ১। ইরেম থাবা=লুরাং শনাইগী নিংথৌ। ২। লোকয়াই থাবা=খুমন নিংথৌ ৩। রাংমা থাবা=অঙোম নিংথৌ ৪। থমং নিংথৌ—শরাং লৈশাংগী নিংথৌ।

(ঠ) "লমলাং তরইনন হলরাইবিরকউ"

অলাংবা লমবু পুনশিন্দুনা থম্বদা মতম তানা লৈবহ্ন লমুদ থোক্লগা মনাম তানা লৈহৌনবগুম কাহ্লনা লৈখিবলিংহ্ন হল্‌হল্‌বি-রকলো হায়বগী লৈথানি।

(ড) "মুৎবী য়াসো নেৎনা"

ফু,ক্তোক লংথোকপা ওয়দ্রবা মক চাউনা হৌহ্লনা থিন্দুনা লম-জেৎ লোয়া প্লেট নুং ওইরবা নুংনা মচিল অতুম অতুম্বনা শো শাহ্লনা থিনগৎনা লৈবদা থোড়মা নেৎনা লাকপদা লীক্তিরবা রাহযগী লৈথানি।

(ঢ) "য়েংব চীঙ্‌ন থল লামব সান তেললে"

মীৎনা উবা লমগী লমথৈ অতাম্বা মফম ফাওবদা য়েংগদববু অরাংবা চীংনা থনখিবনা উবা ওমখিদ্রবা অমদি থুৎকী লাগলনদি তেনবনিনা তিংথোক্লনা লাম্বদহ্ন ফংলরোইদোবা মরমদগী থুৎ অসি তেনথেদকো হায়না লৈথাবদা লীক্তিরবা রাহয়গী লৈথানি।

(ণ) ' থাঙ নোংচেং লাউ। হায়ু মমুংলং। মুংনাং মনা লেকনা"

মীওইবগী পুনসি চেঙলেম্মা লোয়ক্রহ্ননা শিরমদাইগী মতম য়োরক্রবদা থাঙ য়াংলেনগী মনুংদা চেনবা মরোংথোংগী শিংলি অচৌবা নোংদমখোংনা মফলিকু দা চেনথৎলকপদগী ক্রক-ক্রক ফাজিল্লরবা রা ডাংবা ওয়ক্ল্রহ্ননা অনাবগী চৈনাথোলনা (চৈথেংনা) কনশিল্লক্রবদা হা ইমা-ইমা হায়না মুংগী অরাববু থাঙবদা লংহ্ননা থাঙলরবা অমদি অকন-অরিং লৈরগা তোং (মসল) না লেকথরক্রবা অকনবা লরুক লৈরক্লবা মতমদা নাহেবগী লৈথারোল্দা লীক্তিরবা রাহযনি।

অসুম্মা লাইরিক অসিগী লামায় থুদিংদা ফত্রবা সাহিত্যগী রাহয় রাতানা পরেং লেংনা লেয়বা অলৈবগী লৈথারোলনা লৈতেংলবা

লাইরিক ওইবা মরম্না ফজবা ৱাহৈশিং অহূ খন্দোক্লগা মহূগী ভাবার্থ ময়াম অহূ শন্দোক্লা হায়রবদি লাইরিক মশা অসিদদি ৱাহন্দোক্কা কোম্নবা ৱারোম্না হেন্না চাউগনি খল্লি। মরম অহূনা মথক্তা পনখিবা সাহিত্যগী লোন্দা ওইবা মখল ১৪ গী মীৎয়েং অহূ মথাদা লৌথৎলি :-

(i) মফম অমবু শৈথাবা :—

"সেনবী শমসোক লাকপনা মাবলং তাউচিং হয়তাউ ঈগ তুইংপা নমখুল সনা ঈগ হেমূব লাংথোং ওইংমএ। চাংজও ৱাংগ ৱাংব মথক্ত পামেল পল্উ থেৎএ। কাওতম লেংয়ান হাপএ। থাকী কঃৱাক থেৎকা তৈন-সা কোঙয়াঙ পান্ফক্ থাঙময়ে।"

ৱাফমদি কবোগী শমসোক লাকপনা মাকলং তুরেলগা * তুং-য়িংবী তুরেলগা অনীনা নাক-নাক্কী লাংথোং (থাংঙপাৎ) ওইবা ঈশিংনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা শেমলবা লানবল ওইহল্লে। অহূগা তুরেল অনীগী তোর্ব্বান্না ৱাংশিবা অহূগী মথক্তা ৱাংলবা পামেল উজাউশিংনা নিংথিনা কূংনা হৌবা মবন্না লানবলগী অকোযবদা পন থাবগুম থোকহল্লে। অহূম্না ইংখোলগী অকোয়বদা শম্বল থাবগুম ওইহল্লবা মফমদা মৌবী ৱা অপাবশিং থুগায়রগা কল্লাং খাহূনা পোঙশঙ শাহূনা লাম্মী য়ারেকশঙ (লানবল) শাহূমা থম্মবগী ৱাফমদা শৈথাবা ৱাহয়শিংনি।

ৱাফম অসিদা "মাকলং তাউচিঙ হয়তাউ য়ি" হায়না শৈথারিব-শিংগী ৱাফম অহূ অমূক লৌথৎপা তারবদি—"ময়িম সেনবীনা মীকৌনা কবোনা তেংথানানা ঈশিংবুদি নম ও। হুয়পু মাকুরো কৌএ।

---

* ফশাৎ ম য়ৈদা লৈবা মচীং থুমগী চীংজাউগা অশাং থুলেন্না লৈবা চীংজ উগা অনীগী মরক্তা লেনবা তুরেল।

মাক্ তাউচিও হয়পুম্মাপু লাইচা ঈপাক থকৃতা লংনা তাউথর্কএ ॥
অতুনোংকিপু মাকলং তাউচিং হয়তাউ য়িও তৌনা কৌএ।

নিংথৌরোল লম্বুবা লাঃ ৩৩২ (স্ক্রিপ্ট)

অসুম্না লমগী, মফমগী মিংথোল থোনখিবদগী রাফম অসি অতোপ্পা লাইবিক মথল কয়াদা লৈখ্রে।

(II) পোৎ অমগী মগুণদা শৈথাবা ঃ -

(ক) থাঙগী শৈথাবা ঃ— লাইরেল থাঙলেন মথৃৎশু য়েনলৈ মৈরাবা যাং। য়েকতৈবনা গুইত্রে শমগা থোম য়েৎত্রে থাঙগা হাইনা লূরক বাঙৈত যি থৌনাউ লোনথোঙ লেনলে। (শঃ ঙম্বা লাঃ ৬)

রাকম অসিনা খঙহল্লিবদি মৈদিংঙু নিংথৌরেনগী সনা থূৎশু থাঙশাংগী মরমদা শৈযাবা শৈহেক্নি। নিংথৌগী সনা থূৎশু থাঙ-শাংগী মওং অমদি মগুণদি অঙাংবা কাযরৈ যেন লাবগী মমৈনা কোল্লপ তৌবগুম থাঙগী থাঙদোন বোনবগা লোয়ননা থাঙগী অরংবা মচুনদি ঙাঙবদা কা হেনখিবদগী অঙৌবা মচু নোংথাংগুম থোরবা মঙানগা লোয়ননা অমদি ময়ায়দা মবুধৌ পাখংবগী মুত্তি য়েক্লবা থাঙলেন্নি হায়বা বাবোল তাকপা শৈযানি।

(খ) রাকয়ৈ খোঙচোমব তোংচেং সেনকোয লোকপবুম্নুঙ হীরী খোংফাং থেৎ ঐরী লীয়াই নোপন তোংচেং হোইচিংখিরে।

লাঃ ১৩

রাফম অসিদি মৈদিংঙুগী সনা খোঙনেৎ হিগি মৈদিংঙুনা ঈশিংগী লম্বীদা খোঙলেংবা খূদিং তত্তনা লোযনরবা "খোঙজোম্বা" হায়না হিগী মমিং পোল্লবা অতুগা মতু তোংলগা অতৈ নাক্তকমদা

মায় পাক্লকখিবদগী "তোংচেং সেনকোই সোকপা" হায়বদু মিং থোল্লবা হিনি হায়বহু তাকই।

(গ) লাইরেল ম্নায়রা মতেনচা চাথা তাংখুল ঈতোক থুনঙম ঙ্তেন শ্রুং লমঙম তেন তেংনৌ চিন্নাইবা পনসি ফান-তেন। লাঃ ১৭

শৈশক অসিনা তাক্লিবদি— মৈদিংঙ্গী সনা থুংশু লীরুং তেনদি চাথা তাংখুল ঈতোক্লচিংবা থুঙ্গং পুম্নমক্তী লানফমদা মায়থীবা পীত্তুনা লানঙম্লক্লবা লীরুং তেনজেনি। তেনগী তেজেনা অমুক্তং শ্রুং হেক কাপথোকখিবদা মতোন্দা য়াওরিবা য়োংকী মচিন অতুম্বা পাল্লবা তেনগী তেজৈনি হায়বা ম্নাকমদা শৈথাবা শৈশক্নি।

(iii) অরা তেংথা শৈরোল ঃ—

(ক) নমোম ঐতি ঔরা অথাপ্ প থাম্রল অতাম্ প হুংসা তরঙ হত্তব সেমবী লোনতিনন্দব থাম্রল থঙ্নদবদ করম য়াংকোই-রসিবনো হায়না সমু খোঙবু থীন্ন মীকপথিএ। লাঃ ৫

শৈথারোল অসিদা—মহারাজ চরাইরোংবনা মচাম্নুপী ইংবেম্বা রাংঙমলোন চক্পা মখাউ ঙশ্বীবু ঔরা লৈবাকী নিংথোদা থাজখিবা মত্তাংদা মচা ইংবেম্মনা হায়জখিবা ম্নাকম্নি মতুদি ঃ—পাবুং মহারাজ! নমোম ঐবু ওম্বোক্লা লাপংবা ঔরা লৈবাক অমদি য়াম্না তামশ্রবা থাম্রল হায়বা হুংশাগী মৈশা কল্লবা লমদম অহূদা অমদি মরোল ইরোল তিমগ্রবা মফম অহূনবু করম্নসু লৈরু হায়বনোকো হায়না মখোঙ থীম্না কপাচহুনা মমা মচা মবুং মৌপ্রাশিংবু লাপ্না হন্দোক্লম্বা তারে হায়বগী অরা তেংথাখোলগী শৈথানি।

(খ) রাংঙম ঐদি অসি কোরও হুমিৎ মাপীমখৈবু ইশাম পোইরৈ লমতামনে। ঈহু রাংঙম লম্ন তামলে। মেংব চীঙ্ন

খল কাম্ব সানা তেললে। অহিং সমু খোঙ্‌ন তাম্‌ নোংখিল চেংলও মিংন রাংলে হায়না রাংঙম হেকঙায় মপাউ চাউ মুংসি তরঙ হওন পোইরই মপল লমবু তেংথানন চীংলেন য়োঙম কাখিরে।

লাঃ ৫

অরা তেংথাখোলগী শৈশক অমদনা—মচা ইরেম্মা চকপা মথাউ ঙম্বীনা মপাবুংগী য়াথং মতুংইন্না ঐরা লৈবাক্তা চৎথরবদা নোংপোক মায়কৈগী অরাংবা চীংদোল কারগা মপাম লমদম পোইরে মৈত্তে লৈবাকপ্‌ য়েংলগা অমুকহন্না উররোইদোবা পোক্রফম লমদম অসিবু তামহৌরেকো হায়বগী অমদি মিংয়েংগী রাংমদা লৈখিবনা থূৎনা শানা লাগা ফংবা মফমস্ত ওইদ্রে হায়না মপূক্লিংদা খোয়রাঙ খোয়-শাউনবগা লোয়ননা মিংলুদা পিরাং ঈচেন্নরনা কপ্পহুনা তেংথা-তেং-থাননা অঙম্বা চীংজাউ কাথ্রে হায়বগী শৈথারোম্নি।

(গ) সেনবী ঈখোয়দি তরা চাথং লাম্‌লবগি কাম্ব চোংতাই মনা ফূকনা তরা চাওইনব অসিবু কোরও করম নোংলেনসিবনো। লাংগোই সাকোল চাদববু তরা চাওইরে। অমন করম য়াইথোঙ কুমসিবনো। সেনবী চম্নুরা অতেংবি সিংসুঙ হকচাং ময়েংতা কুচু মশক্‌ ওললে। চায়রাং মচি লাংনা হন্নু ময়াই কাগুমলে। ঈরেং মাল্‌লই চন্‌ন হন্নু সমপোক থোকলবী ঈখোয়সুঙ খোঙকাপ অথাং ঙমদরে। চেংলৌ মীৎথোঙ মম চিল্‌লকলে।

লাঃ ২০

অরা তেংথাশৈসিগী শরুক অমনা মৈদিংঙু পামইবগা ঔরাগী মীশিংগা খোক্রখিবা অকনবা লানফমদা মায়থিবা ফংলবা ঐরা মীয়ান্না ক্ষরাই হিংলনবা লান চেনবদা চান থরথা লৈরক্তবদগী মশা মঙ

পুথ্বা মমেং তাশিল্লক্রবদা হায়নবা শথানি রাকমদি :– সেনবী কবো ওইবা ঐখোয়দি চাদবনা পূক অসি লাম্রনখিবগী কাম্ব কৌবা ( হৌদোংগুম্বা জীব ) অতুবু ফংলগা চাক্কী মহুৎ শিন্দুনা পুনসি লেনবা অসিনা করম্না কোরৌ নোংজা কয়া থাডনা লেনগদগে। চাবা হৌনদ্রবা শগোলগী মশা ফাওবা চাত্নুনা থাডনব। অমে তেৌন-তৌনা করম্না শিখিগদগেকো। কবো লৈবাক অসিগী নিংথিজরবী মশক মতৌ চঙখোজরবী চনুশিংসু মশা মউশিং মমেং তাশিনখিবনা কুচু হোংবগা লোয়ননা মশক ওনখরে। মায়থোঙগী অনোয়বা শব্দক অত্থু মমেং তাখিবদগী চায়রুংগী শরূনা মচি পান্দুনা তোওথংলকপদগী অহল ওইরব্রবা ইতীক-ইয়াই পুম্বা মাঙলক্রবা, শক চু থাক্রবা অহল ওইরকপগী হৌনবা মরেক-মহাও চেল্লক্রবা, ইকোক্তা অচৌবা শম ( পোক ) হৌরক্রবী ঐখোয় পুম্নমক অসিসু খোঙকাপ লাওনা থাংবা ঙমশিন্নরক্তরে। য়েংলুবা মীৎয়ং থূদিং মমশিল্লক্লে। অসুম্না তাইবং পুনসি ওইবগী অরাবা থেংথাং ওইরক্রবদা অম্নক্কা লালগী চৈথেং ফংলত্নুনা ঈনোৎ হাপকৎলকপগী অরাবা শৈথারোলনি।

(ঘ) নপারী চাউদব নমোম সাংগব সিংসিন্নুঙ চাইজি পিসিন কংদবন খোমলাং ঈচৌ ঈখো লাংলবগি ভিলাং চাফা নাকলে। পায়মা নিংসা সংঙমদন তোংচেং খারা পালথক্ত কোরও থোয়ন-য়েং খোমলাং ঈঙৌ লাংন করমনোংমল হন্গে হায়বনো। ইমোম নমদা হুনূন চাংসোয় ঈরাউথোলগুম শমসোক মনিন্ নাইন মী-কপনরে। লাঃ ২১

মনাগী খোমলাং মায়োক্ররিবা অপীকপা অঙাংশিংনা লান মনুংদা মমাগী খোম্লাং থকচবা ফংদ্রবদা খোমলাং ঈঙৌ লায়বগী

ম.ত্তৌ য়েংবদা মথৌনাউ কংলক্লবা অমদি নিংশা শোয় ফাওবা চনিঙ তানা হোনবা ভয়ক্তুনা খায়া শাবা য়ুমগী কাংথক্তা মমিৎ মনা কোয়-য়েং য়েংন-য়েংনা শিগদববু করম্না শিহনখিগদগে। অতুগা ইচায়ুপী অপিকপীশিংবু নঙ্গন্দা পোনা নাউথেমজন্বিবস্থ সোয় নাপ্পদগী চেম্বা ঈশিংগী ঈরাউখোলগুম্না অত্তৎপা লৈতনা শমসোকী মীয়াম পুম্বা কপ্প-লাউনরে হায়বগী শৈথাবা য়াফয়ি।

(iv) তৌব-ভয়া মতীক-মথৌনাগী শৈথারোল :—

(ক) লাইরেল মইতেংঙু পোনবী গরুড় লান্‌তেনবদি সেনবী তমলোওরল পোইরই তেংগোল অচঙবদ তরা চেঙকোক খিল হাপ্‌চ কয়রেল থন্‌ম খাঙ্‌লা য়েনকোইখোং মখোক লোয়ন পনথেংলে। লাঃ ১৬

য়াফম অসিনা খঙইল্লিবদি—মৈদিংঙু পামহৈবগী মতিক মথৌ-নাবু থায়না মমাংঙৈ দ্বাপুর যুগতা ভগবান কৃষ্ণগী শাদোং ওইনখিবা পৃথিবী শাম্বুংনা মমিংতা তাবদা কিনরবা বিনতাগী মচা গরুড় কৌবা উচেক নিংথৌগী মতীক মথৌনা অতুগা ইনিংথৌ পামহৈবগী মপাঙ্গল মথৌনা অমদি মিৎলৈ মায়রৈ খঙবা অতুগা পান্দমন্তনা (উপমা তৌতুনা) শৈথাবনি অদুগা মৈদিংঙুনা ঔরাগী লমদা লান্দাখিবদা মৈতৈ লাম্মীশিংগী চান-থক্লবা চেঙনচিংবা পোৎ পুম্নমক কয় ওইনা খিন্দুনা অরাৎপা লৈহন্দনা লান শোক্লবদা খাঙলা পাম্বী পুম্নমক্লা মপুন্সি লোইরক্লবা কংলক্লবদা মপাম্বী ফুকপদা য়াদবা অতুগুম ঔরা-শিংবু (মখোক লোয়রবা মপাঙ্গল য়াওব্রবশিংবু মায়খিবা পীতুনা মরু ফংনা লাম্বেংনরে—হায়বগী শৈথারোলনি।

(খ) পোইরই নিংথৌহন্‌ব ঐবু লৈরিদে হাংনা লিকলাই লমু খোঙকাপ্‌ তোয় ভাচৌল মইরিখোক মালেম লয়ফাও ভূব খৌসারবদা। লাঃ ১৮

মৈদিংঙুনা লান্মীশিংদা পূকনিং থৌগৎ রাইয় হায়হনা লান্মীশিংবু মথৌ শঙবগী শৈথারোম্নি। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা অহোম নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ, লুরাং নিংথৌ অমস্তুং খুমন নিংথৌ অমদি চীংগী লমদা লৈখ্রিবা নিংথৌশিংগীস্তু মথক্তা লৈরিবা নিংথৌরেল ওইবা ঐহাক লৈরি হায়তুনা ঙুরাগা মৈতৈগা নোং ঙাল্লমদাইগী মতম, খরা থরদি মম্নিডৌদা লাল শোক্লবদা ঙরাবু মৈতৈনা ইরাক লাকশিনবা ওমদবা মতৌ উবদা চোংথোক্তুনা মথুক্তা পায়বা টিমেন টাগী টাজিম্না মৈরীগী মশক্নুম ইরং লংবগুম লংবতু পায়রহনা মালেম লয়মায়থক্তা চোংহনা থৌশাখিবগী রাকমদ। শৈথাবা রারোম্নি।

(গ) লাইরেল মইতেংঙুনা লোইবা তুইসাঙন্‌ত খৌসাব হেমব উপাক লুথুম য়ুমবু চইসৌ নমপোক মরোল হু হুমতং য়াংলী থং খিংপা মপাল ফক মরান থুমপা মৈমাও চল মইবা ভাংনোই পাই মইথু নোংলোন কানা চৎলম ফানসাং থুম সাইপু মৈতাল লক্‌ চূঙলেপ ৬০ চোং কাওরেল সনথাং ১০ লান থংনং লাইতং লেংনা পনথেংথরাপকী তুসুক য়াকা চায়রে। লাঃ ৬

মৈদিংঙুগী অকল অথৌ অমস্তুং মতীক মথৌনাগী মম্নমদা শৈথাবদা ঃ — মৈদিংঙু নিংথৌরেন্দি লমলেন তুইলাঙন্দুগী থুঙং উপাক্লনা থাজিন্দুনা শারবা য়ুম থুদিংবু চৈশু মনিঙ পোরোঙ থোক্লম থুগায়-উম্নথারহনা মৈ থাবদা মৈথুনা মোংমদোহ্‌ত্তল পুথম মম্না কা,

তাজোইন্না শীঘ্নুনা পাইরহনা লাজগী হৌনবী থুগায় য়ৈথায়বা চুঙগী মরেপ ৬০ রক চোং শনগী মরেপপু ১০ রক হন্না হন্না চোং-লহনা টিমেন পান্না খৌমাবগা লোয়ননা হুয়েন লান্দাখিবদা থুসুক থুঙংগী মীশিংনা থাওবা ওয়ৃক্রহনা কোয়চেল চেন্নখিবগী বারোলদা অনদি অকম-অথৌগী মতীক্কা শৈথাবা মওংনি।

(v) শিগ্রবদা শীক্তিন্নবা শৈথারোল :—

লাইরেল মইতেংঙুদি পলেম পীখোয়রেনগিবু চেনুকদন বাই-ওংলল। সক্তিক তুগুয়বু নাওুন তেরে। থবা তুগুম্ববু কোরওনথিরে। লিকলাই কোরও নোংকারে। লাঃ ৮

লাইরেল মৈদিংঙুনা পুনসি লোয়হনা শিথিববু ইচম চম্না হেক্কা শিখ্রে হায়না ইদে। য়াবমখৈ সাহিত্যগী লোন্দানা কুয়োম ওইহনা শীক্তিনবগী শৈথানি মহুদি :—

লাইরেল মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবা অসি পলেম মমা ইবেম্মগী পায়মা শিবুকমুংদা নিংথৌগী চাদা-নাউদাবগী তাইবং মপু হনবা মতমদা মপোক ময়িগা কোন্ননা পুসি চহী কক্কা নোংদয়কপা মতম অহুদগী হেন্দনা শাংদোক্কা লৈফদবা মরম্না পুসি চেওজেল লোইরবদা মাগী য়াইবী থরায়না শক্তিক কৌবা থরানমিচাক শিদওগী মফমদা হনখ্রে। অতুগা থবা কৌবা থরানমিচাক ওইনা কোরৌ নোংমদোন্দহুম লৈথরে। লৈবাক অসিগী মপু ওইহনা নিংথিজনা লংনা ফজরবা লিক্লাই মিংশেলগুম্নবা নিংথৌরেন্দো কোরৌ নোংমদোন্দা চৎথরে হায়বা সাহিত্যগী লান্দাদা শৈথাবা বারোলনি।

(vi) শোম্বরক্লবা লাম্মীশিংবু থৌগৎ রাহয় শীজিন্নবুনা মথো হাপ্পা :—

(ক) তয়ম্ লউমী অথল অতেংব পূমনামা নখোয়মুও খোয়মা নমায় লয়গুনো। সেনবী মপোঙকন্ থাম্রল মনোংমইন লোকতাক খারা পাইগুমববু সোংকিগুনো। হাওমল পূম্ন সায় সনা মাংলম থোংনা থৌতোংথিরে। লাঃ ১১

মৈদিংঙুনা ঔন্নাগী লাম্মীশিংগা অকনবা লাল শোক্লরক্কদবা মতমদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা অকিবা লৈতনা মমান্নবা মায়য়োক য়াননবগী রাকমদা হেন্না পুক্লিং থৌগৎপগী শৈথানি মতুদি :— হে ইদাইরেমশিং! ঐগী অচানবশা! লৌমী ওইবুনা লৈরবশিংগী মরক্তগীসু কাপ্-কাপুনা থনগৎলক্লবা নখোয় পুম্নমক নমান্নবা মায়য়োক য়াবদা নমায় লয়রক্কমু। করো নখোয়গী তেঙ্গৈ অতুগা নোংমৈ মরূশিংনা কাপথোকপদা পাইরকপা মরূশিংনা লোক্তাক্তা পাইবা খারা কৌবা উচেকশিংনা কুংনা পাইবগুম পাইরক্লবসু হাওগী পামলৌদা হোবা পান্দুম অতুবু ফুৎলগা চাথোকপা ওস্বা অতুগুম্না থনগদবনি হায়তুনা নিংথৌনা লালগী লালমাঙদা থৌজিল্লকখিবগী লানমীশিংদা মথৌনা হাপ্পা রাহয়গী শৈথানি।

(খ) তয়ম নখোয়বু খোয়্ম করিগি নমায় লয়্রক্পনো। লাইরেল ঐবু লৈয়ে। লাইরেল ঈপা মইতেংঙু তুবী চরাইরোংব থারম তুসুক ওম্ব মপারি পান্ব হাথনোংবু থারওক্কব কৈরেন নাউসোঙবদ সোঙলওক্কব ঐবু লৈয়ে। তয়ম্ নখোয়বু খোয়্ম নমায় লয়্গুনো। লাঃ ২৬

থাফম অসিদু ঐরাগী লাম্মীগা মৈতৈগী লাম্মীগা অকনবা লাল শোক্নরবদা ঐরাগী লাম্মীশিং অহুনা মমায় লয়হুনা ঈচেননক চেখিন্নবদা মৈদিংঙুনা মৈতৈ লাম্মীশিংদা অনৌবা থৌনাগী ঈনোৎ হাপকত্তুনা লাম্মীশিংবু থৌগৎপগী শৈথানি মহুদি :— হে তয়ম অচানবশা! করিগী লান্দা নিঙহন্নগে তৌবনো! ননিংথৌ ওইবা ঐস্থু লৈরি। নিংথৌ ঐহাক অসে লাইরেল ইপা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা কৌবা থারম তুসুককী হাওয়াম অহবু ঙমথিবা নিংথৌগী মচা-নিপানি। ঐস্থু পানবা কৈরেল অচৌবনা অশোঙবা নাপী-শীং-বীরক্তা মচা পোক্তুনা লৈবদা তম্বা কনা চঙঙমদববু চঙহুনা হিংনা ফাঙম্বা ঐহাক লৈ। অচানবশা! নমায় লয়গন্থু। অস্নুম হায়না শৈথাবা পুক্লিং থৌগৎ ব্রাহয়গী শৈথারোল্লি।

(গ) লাইরেল মইতেংঙু তুবী চরাইরোংব সনা ময়াথং ইমান-লোন চকপা মথাউ ঙম্বীগিতমকপু ঐবা থুংন ফংন য়ান্নগে। তয়ম নখোয়বু সেনবী মপোঙকন্ থাম্রল মনোংমই লোকতাক থারা পাই-গুমববু সোঙকিগুনো। তানলোয় নঙখোয়বু তুকোল থন্ন নরান সিঙচা কোনখিলহনগে হায়না থৌতোংখিয়ে। লাঃ ২৫

মথক্কী পুক্লিং থৌগৎপা ব্রাহয়গী শৈথারোলগুম মফম অসিদস্থু নিংথৌনা মৈতৈ লাম্মীশিংদা অচেৎপা ব্রাকমগা লোয়ননা পুক্লিং থৌগৎলি ব্রারোলদি :— ননিংথৌ ঐঙোন্দা ইপা ইবুংঙো মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা হায়রম্বা। সনা য়াথং মতুংইন্না ব্রাংঙমলোন চকপ মথাউঙম্বীগী মেক ঐরাশিং অসি থুংনা ফংনা য়ান্নগে। অহুনা ইনাইশা! নখোয়মু ঐবা মখোয়গী মতৈঞ্জ অহগা থাম্রল মখোয়গী নোংমৈ

মরাশিংনা লোক্তাক্তা পাইবা থারাগুম্বা অহু কিক্রুগনু। হয়েং লাল লোইরগা মৈতৈ লৈবাক য়োরবদা নতালোয় মক্রম্বীশিং থুননা পান্দুনা চাবা থকপা রাগ্নহন্দনা লৈহনগনি হায়না লাম্নীশিংবু পুক্নিং থোগৎপা শৈথারোন্নি।

(vii) লানথোঙ শীনবগী শৈথারোল :—

(ক) লাইরেল মইতেংঙ্ কোরও নোংসা রায়ক্রুমপনা তয়ন লাইফম মরানথোঙদ হাওসি ঙমগচিংবা লোইনাই পুথ্রন তেংমায় থিনব কিয়ামব সাৎপমচা নঙদি শমসোক থানা পাংব থোঙদ হুংতুং লানচেন লম্‌দ নানুদ থোঙজাও ঙাকও। থায়্‌ম নমায় লয়কুনো।
লাঃ ১১

লানগী লাম্থোঙ শীনবগা লোয়ননা মৈদিংঙ্গী মথৌনাবু নোংসাদা উপমা তৌহ্ননা হাযবা শৈথাবোন্নি মহুদি :— মৈদিংঙ্ নিংথৌরেনগী মত.ক মথৌনাদি শা পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইবা নোংশা কৌবা শানা মঙোন্দা লাল্লদ্রিমখৈ কন্নিন্থ তৌবিদবা অহুগা মঙোন্দবু লঙ্গব্রুরবদি অথাকপা লৈতনা মথোনা উৎপা অহুগুম্না শারেল নোংসাগী মতৌ ঙম্বনা পুথ্রম্বা ফমথোল ওইরিবা সাৎপমচা ক্যাম্বা কৌবা লাইফম শঙলেনগী লাঞ্জিং পুক্রেন ওইরিবা নহাক্না শমসোক্কী থা থংবা থোঙজাউ, হুংহুং থুনগী লাঞ্জেনফম মায়কৈরোমদা ঙাকউ। নিপা ওইবা মতৌ উত্তুনা নমায় লয়বা তৌগনু হায়না লাম্থোঙ শীনবগী রাফমদা শৈথাবা রাম্নোন্নি।

(খ) লোইনাই অহলনুপ সঙগি রাংগোন কইরুংহনবা শম-লোই সাংবমচা নঙদি লাইরেল ঐবু চিঙথোঙ পুয়োক্কও। সক্লাক লাননোংতমবু শোয়গুনো। লাঃ ১১

হারোলদি :— অহম্রূপ শঙলেনগী করক্নংবা অহল (হঙবা) লমশোই ঙাংবমচা নঙদি নিংথৌ ঐবু শেন্নতুনা লৈয়ু। মতাং চাবা য়েংতুনা তৌগদৌবা থৌরাং অমত্তা শোয়হনগন্নু। শজিক কৌবা থরানমিচাক্লা মাগী মতম শোয়হন্দবগুম্ব লমগী লালওং অমত্তা শোয়হনগন্নু অসুম হায়না লাম্পোও শীনবগী শৈথানি।

(v.ii) শা লান চৎপা তাবরদা মুমিৎ থা পুংকম থেনকম য়েংবগী চৎনবী অমম্ভুং লাইগী থুদম চাংদম য়েংবগী শৈথা :—

(ক) মনাইবেম লুবাং লংমাইবা মানবী তাইথোমবসিংবু পাউ-কৈথিএ। তয়ম নঙথোয়বু তরা চামাংদা সংলও য়েমমাংদন সাঙতিং লোমঙৌ চিন্নন ইয়ু সেলোই চিঙথোঙ লাকপা অঙৌব কোরও থোঙজোম্‌বদ সনা য়াম্লতা হুল লুপা কোনুগ থান কোরও লনসারুও। সেনবী শমসোক চঙন থোমববু পুনেমলুও হায়না পাউমেন মাগি লাইরেল সনা নম্মাথংগিবু লুরাং লংমাইবসিংনা সাঙতিং লোনঙৌ চিন ন সেলোই চিঙবু ঈনতানখিরে। লাঃ ৯৩

রাফম অসিনা তাক্লিবদি, মৈদিংঙুগী মনাইশিং লুরাং অমাইবা অতাই লাইশোন হৈবা পূন্নমকপু কৌশিল্লগা হায়খি—হে অচানবা লুরাং অমাইবশিং! নখোয় চাকমাং চাবা ফিমাং শেৎপা তৌদনা নকোক্লা ফিঙৌ কুপ্পগা ইবুথৌ নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চৌংশোম্বা নোংপোক মালং হুমওইবগী মফমদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই থাক্লনা শমসোকী মীশিংবু লানচমজবগা লোয়ননা হিংনফাওবা ফাবা ঙমজগে। হায়না থুরুমলুচো হায়না সনা মাথং তাক্লকখিবগী মতুংইন্না লুরাং অমাইবশিংনা চৌংচু নোংপোক নিংথৌবু থুরুমজবগী শৈথানি।

(ক) লাইরেল মইতোংঙ্ তাতাআও! নতাইরেম য়িথোয়ন তরা চামাংদ সংলও য়েনমাংদন সাঙতিং লোনঙো চিন্ন নমু খোইয়ম লাইয়িংথো সেলোই চিঙথোঙ লাক্পদা সনা য়াইগ হুন লুপা কোন্গ থাববু মথা ফরে। হাকুম লাইজ ঈনিফ্ অমনুবদ সেকপী সেনবাংতুমিৎ কাঙ কওচেঙ হারও ফুরেপ পুমনমাবু ফুরেপ ঙঙ্কোয় থন্ন সিঙময়ে। শমসোক চঙ্ন ফারকঙেনে। লাঃ ১৪

অসুম্না শাচৎ-লানচৎলমদাইদা লাই খুক্সবগী চৎনবীগী মরোল মাঙজোননা খঙনরকপগী রাফমদা তাক্লি মতুদি :— মৈদিংঙ্ ঈনিং-থো তাবিয়ু। ননাই অমাইবা ওইবা ঐথোয়না চাকশেং চাহুনা ফিশেং শেত্তুনা ইকোক্লা ফিঙো কুপনা চীংঙ্ নোংপোক নিংথোদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই থারগা খুরুমজবদা খঙজরকপা লাইগী খুদম চাংদমদি য়াম্না ফগ্রে। হাকুম থম্বা লাইজা ঈনিফ্ অমনবগী মনুংদা শেকপী শেম্বাং তুমিৎ কাঙ হারৌনচিংবা পুমমক অসিনা চফ্ অতু থম্না মনুংদা শিন্থনা লৈরম্বা থেংনজরে। অতুনা হন্দক্কী লানফম অসি সনা মায়থোঙ ঙানগনি। অতুগা শমসোক্কী মী অয়াম্বসু হিংনা হিংনা ফারকপা ঙমগদৌরি ইনিংথো! অসুম্না খুদম-চাংদম খঙনবগী রারোম্না পাউদম্বগী শৈথানি।

(ix) লান চৎপদা ইমুংগী মবেম্মা ওইবীশিংনা মবুং মৌপা অমদি মপুরোইবশিংগীদমক চয়োম চেঙজেল শেম্মা থৌরাং-জবগী রারোলদা —

য়োরবু মৈতৈরৈম সেনবী পাংগ ঙথীন লাইরেল মসাবগী-তমকপু য়োয়হৈ মঙাইরোইশিংন ইনুং সোয়াইমাদা হাওম লসিকুপ

তোয় চনম্, হুংতাই খায় ঙাচিং খাঙরাই-মল্, য়েরুম কাংগখিল লাকোন চাংগ ভম্‌ন লাংনা পাদম্বু পাচুয়ে। সনা হুংচই মংম হাংনা রাংলৈ খোমহানবসুঙ মহান কয়ে। রাংলই য়ুমিং তোঙয়ে। তয়া লুপাক খোমহানপাসুঙ মহান কয়ে। ঔরা তেংগোল তয়া চায়ন শমসোক চঙন খোমঙইনে হায়না রাহমলবগা লাইয়েল মইতেং-ঙ্তি লীকলাই সাঙতিং লাইলৈ থেম পুমুং লানপোং মঙাল নাইনা মতাইরেম পোইরই অথৌলিচা হেন্নসিংবু ঙাইরোইনন হুয়েল লান-তাখিযে। লাঃ ১৪

মতাং অসিদা মপু'বাইবনা লান চংলমদাইদা মবুংঙোগীদমক চংয়াম চেঙজেল যোয়গা খোঙকম অসি ফরকনি যরক্লোই হায়বগী রারোল তাক্লি—

মৈতৈ লৈমা সেনবী পাংগাঙবীনা মনিংথৌগীদমক মচা মনাই ওইবীশিংগা লোয়ননা অহিং অথেঙবদা শিং মকুপ শুরহুনা চনম মরু মচেং খায়রগা ঙাচিং মমু মমৈ অমদি মকোক লোথোক্লুনা মথক্তা য়েরুম্না কাংখিল্লরহুনা চংবী লানা লাকোন শেমহুনা লাংনা পাদম্বদা য়াইফ খোঙকম্নবগী খুদম ফংজরে। অতুগা চবানকু য়েংহুনা য়ুথোম খুম হাংহুনা য়েংবদা য়ুগী য়ুমায় তোঙসম্বা অতুগা তয়া চাকী খোমহানবদস্থ হেন্না কগংপা মঙং উবদগী হুব্দকী শমসোক লান লেঙখিগদৌরিবা অসিদি ঔরাগী তেঙ্গোল মপুম ১০ মকপু মায়খিবা পীবদা নওনা শমসোক্তী মী অয়াম্ববু হিংনহুম খোয়কপবু ঙমগনি হায়না হঙ্গংচরবদা মৈদিংঙু নিংথৌরেন্না নিঙখিরবা লানগী ফিজেং লৈতেং লয়ু লায়োন মচু মালপা কিরোল শেংলহুনা মচা-মনাইশিং

অকল-অথৌ পুম্নমক্কা লোয়ননা লান্দাবা লেঙখ্রে। অতম্মা থাম্মনগী চংনবাদা নিপা ওইবশিংনা শানা-লান্নাবা চংলমদাইদা ইংংগী মুপীশিংনা মচা-মরাগীদমক চয়োম চেঙ্জল য়োম্বা, খুদম চাংদম য়েংনরম্বগী রাফমদা সাহিত্যগী রাহয় রাতা শীজিন্নরম্বগী শৈথারোন্নি।

(x) মতীক মথৌনা অমদি করিগুম্মা অমবু উপমা তৌদুনা শীজিন্নরম্বশিং :—

(ক) লাইরেল মইতেংঙ্ কোরও নোংসান্নান্নগুম্মা·· লাঃ ১১

(খ) লাইরেল মইতেংঙ্ পোনবী গরুড় লাত্তানবদি······ লাঃ ১৩

(গ) পোইরই থাঙনেন মথূৎসূন রাকংই হিপাল তোংন লেমলই ঙাথী য়ানগুম য়ান্নরে ·· ··· ··· ·· লাঃ ১৯

(ঘ) চানদা লানসি ঈদি নিংথি ঈমায় সীলনে ·· লাঃ ১৯

(ঙ) ঙৈরা তেংগোল তরা শুনা হুয়েল লানকাথিও হায়না খৌসীখোনগি মতাইরেম ঈখোয়বু ওলা ঈঘী অপাল য়ালরে··· ··· ··· লাঃ ২৪

(চ) সেনবী মনোংমই খাগ্রল মপোঙকলবু কোরও থমনোং-থোংগুম কুমকা থাসি নোং থোংগুম খুদোং বিনকাপ কুন-খা তেনবী খোইপাই তমবন লোইদাম ইঙা নোংজু তম্ন্ শোন্নরে··· ··· লাঃ ২৫

(ছ) লাইরেল রায়রা মতেমচা থোপ্ লানচেল মৈকাপ্পীবু সঙাইসেল মইনবী পাইগুম্ন রায়রা তেজরায়রবগি ·· লাঃ ২৬

(জ) লাংকোই সানেমা শা চাদবৰু থাম্ভচি মিতম্ লেন্‌ন কোরও নোংলেপ হ্যামলবগি চেংজও মমিৎ চিংন খোঙ-ক্লাপ অথাং খুদিংদ লেমলই মুয়ে ওাঙমলা তুমোয় ঙামলোয়নন তাঙজা খুকম থঙদনা লানমংলে···লাঃ ১৯

(ঝ) সেনবী চমুরা মুরা সমলাং কোমথোঙ লোনবী লুপা থাকোই য়েৎপীশিংকা হমু মালই কাব হন্‌ব মরেং চনবীশিংগ য়ারেম খোংজি মতাই কাওগে কাও্-ঙম্‌দন চিনবাল্ লৈত্তোল থৎচ ঙমদরুবগীবু·· লাঃ ২০

(ঞ) পুঙগ্রী মঙামানসুঙ সেনবী শমসোক ঙাকপও! মুয়া মমায় ওললে। সেনবী মইপাক নীকলে। কপো যুহারারে। শমসোক কায়রে ·· লাঃ ২১

(ট) তরা মপূক থললবগী পাযমা নিঙসৌনন য়াইবী নিংসা সংহোল ঙম্‌দন পামেল উখোঙখা খুদিংদ লেমলই মুয়ে ঙাওম্‌ন নোঙমল্‌মবসুঙ য়াওরে··· লাঃ ২২

(ঠ) নরুম ঈখোয়দি ঈসা তুকুম্‌বৰু তুগ-চুংয়ে। লমসা তু কুম্‌বৰু সোঙগ কাওলে ·· লাঃ ২৩

(ড) পুনুং নশোইমন্ চংবী নয়ান থাকনে··· লাঃ ২১

(ঢ) লাইরেল মইতেংঙ্‌সুঙ অয়ুক চীঙখৈ অঙনব নোংঙাল্লকপ মতমদ লইচিল সিক্ষা লাংন চেংলৌ মীৎথোঙ মমলি-ভৈদ হয়েল লানতাখিএ। কোরও থমনোং খোংগ্‌মন সোকনয়ে··· লাঃ ১৮

(প) সৈনবী মপোওকন থাত্রগ মনোংমইদি লোক্তাক্ থারা পাইগ মন্না… লাঃ ১৫

(xi) লান্না হায়না হায়জবদা শীঙ্গিন্নবা রাহয় থাতাঃ—

নদাইরেম ঈখোয়বু পোইরই নপা লোইনে। রায়রা নতেনচা টিমেন মখূৎসুবু চইরৎপিও। পুনুং নশোইমন চংবী নন্নান থাকনে। রাংগোল পুকই লোইবু লোইহারগে হায়না পুরুমজবদ লাইরেল মইতেংঙু্ন রাহমথিয়ে… লাঃ ২১

রাফম অসিনা থঙহল্লিবদিঃ—হে মৈদিংঙু নিংথৌরেল! ননাই ওইত্তুনা লৈরিবা ঐখোয় (ঈরা) পুন্নমক অসিদি নপাবুং মৈদিংঙু সনা হাক্তক্তগী হৌনা নখা থাত্তুনা লোই ওইনা লৈরিক্লিবশিংনি। নহাক্কী রায়রা তেনগী তেঙ্কৈ কাপ্লকপসু নখূৎশু টিমেন টাগী টাহুল শোয়দবসু লেপ্পিরো। কবো সেনবী ওইবা ঐখোয়দি লাইরেল নহাক্কী থাঙলেন থাঙহাইদগী লীথজহৌরবা অমদি লফু পাগী অকক্-পশিংগী মরক্তগী মথাক লৈহৌরবা অত্তুগুম্বনি। মরম অত্তুনা নিংথৌ নহাক্কী পুকয় হুনবা লোই ওইনা লোইহাজরগে হায়না থুরুমজরবদা মৈদিংঙুনা হায়রকথি ··। অত্তুম্না শৈথাবগী শৈরোম্নি।

(xii) লৈরাং অমগী মমিং থোনবগী শৈথাদাঃ—

সীঙলেন মখোক তাদি চয়ায় চমফেম মানুব। সীঙলেন মনা তাদি পাঙল কুগুম লৈগুম মইতেংঙু থোংনাং ময়াম্বা মরইখঙ শমসোক থুনঙমলৈ। মুম্নু থোঙচাউ ভাক্পা সোঙথৈ মরোংখল কান-লৈও। সেনবী অঙ্গো চাঁদ থেনলেন ময়াই লাংন তানফংব লৈ·· লাঃ ২৩

(xiii) লানগী লালওং করম তৌবগে হায়বগী শৈথারগী :—
পাংগ মতেনচা সেনবী মনোংমইগী পোইরই কামায় মখুং-
সুকা কামায় ম সন চীলওক্কন তেনবী মসেল চীলওক্কন
তেনবী থিনকাপ্পম লমখু খোকলোয় হুন টিমেন টাফাংলোন
কোরও থমমোং খোংগুমন শোক্করে। ঊললেন চাউরক্লোয়
উপকুম হাননরে। সেনবী পনচললে। কবো পনকোয়রে।
লোইতাম থাবু-সি লাওহৈ কুমবু তনুন পনথেংলবদ অরাং
লাইনা পাংবরম নাম্দ মরমসাং হুংহুং লানচেললমগি তাংখুল
রায়চই খুললানুব শমসোক য়িমকল ওইনব তরা চাথিরবা
টিমেন টাসাং স ব মঙাদংবু কিয়াম্বা সাংপমচান হৈরওয়ে।....
লাঃ ১৭

রাফম অসিদা লান শোক্করিবা ঔরা অমসুং মৈতৈ মায়কৈ
অনীগী ওইনা শোকখিবা লম্বুগী টাগী তেনগী অমদি নোংমৈগী লানফম
মওং তাকপগা লোয়ননা মৈতৈ লাম্মীশিংনা ঔরাগী লাম্মীশিংবু
কোয়শিন্দুনা হাংম-থিম্নবা অমদি হিংনা ফারকপনচিংবগী মওং অহু
নিংথিনা তাক্লি। মসিনা লানগী লানওং তাকপদা যথার্থবাদ (Realis-
tic) কী মওং অহু সাহিত্যগী লোন্দাদা পুশিন্দুনা মতম অংগী
অশৈবনা নিংথিনা শৈথারঙ্গী শৈরোল্লি।

(xiv) লান্দা মায় পাকপা ফংলগা নিংথৌনা লাল্লোই হৎঙম্বশিংদা
মিংথোল পীবগী শৈথাদা অঙম্বা অবনবা নিশা ১১ গী
মিংথোল পীবা রাহয় য়েংসি :—

(ক) ইতাইয়েম কিয়ায়া শাংপমক্তা নওদি তালোয় মরুশ্বীনা তরা চয়োম্‌মল্‌গি ঔবা থোঙলেন লানয়ায় খাবা চাকয়াই অমত্ত ফাব-ও কৌসে··· লাঃ ২৭

(খ) ইতাহিয়েম অপোঙ সয়োকখাইবা নওদি তালোয় মরুশ্বীনা তরা চয়োম্‌মল্‌গি তুবী ঐবু চীঙখোঙ পুয়োক রাজমনগিতমক সেনবী তুইখা মীয়োংখল ফাবা-ও তৌনা কৌসে··· লাঃ ২৭

(গ) তয়ম থাবম ময়ানখোঙগী হাওসি ঙমচিংবা পুকচাউ মাইবা থীয়া নওদি তালোয় নরুশ্বীগি তরা চয়োম্‌মলগি লাকয়া মন্দামিং ফাবও তৌনা কৌসে ·· লাঃ ২৭

(ঘ) য়াকচিঙ সমলোইব নওদি তুবী ঐবু চীঙখোঙ পুয়োক-য়াগি লাসক কাতেং থাঙসাবা ফাব-ও তৌনা কৌসে ·· লা ২৭

(ঙ) নোইনাই অহললুপ সঙগি অকোং হাওবমচা তরেং সেললুংহন্‌ব নওদি তালোয় নরুশ্বীনা তরা চয়োম হানজমনগিবু সেনবী পোংনোং ফাব-ও কৌসে ·· লাঃ ২৭

মতৌ অস্‌ম্না থোনা ফনা মঙাঙ্গল ময়োশিং অমদি মহৈনচিংবা মাথোয় মাথোয়গী তৌবা ঙম্বা মতীক মথোনা উত্তুরা লাম্বেংনথিবদা লাল ঙমক্রগা নিংথৌনা মনাইশিংদা পেলজুনা হয়েং তুংগী চায়োল শুয়োলনচিংবশিংনা, কাউদনবা অমদি মথৌনা হাপ্পা ওইনা অঙম্বা ৯.দা মিংথোল পীখি। অমনা মৈতৈলৈমা ওইবীদা লানঙম মিংথোল থোনবিখি অত্তুগা মমৈদা নিংথৌ মহাকী মিংথোলস্তু পৌখি। মসিগা শান্নায় মথক্তা পনখিবা ৯ গা ২ গা ১১ অসিদা অকল অথৌগী মিং-থোল পীবগী শৈথায়োল অসি তাক্লি।